ꯏ ꯑꯃꯁꯨꯡ ꯄꯤ

# ঈ অমসুং পি

Poetry of the Great June Uprising

Edited by Saratchand Thiyam



# EE AMASUNG PEE

## BLOOD AND TEARS

**Poetry of the Great June Uprising**



First Edition June 2006

Published by Bimabati Thiyam Ongbi
on behalf of SATHOULUP,
Sagolband Lukram Leirak, Imphal

Edited by Saratchand Thiyam

Book Design Saratchand Thiyam

বীমাবতী থিযাম ওংবীনা সাথৌলূপকীদমক ২০০৬ তা ফোঙবা। পাওনা বাজাব ইম্ফালদা লৈবা পদ্মা প্রিন্টর্সতা নম্লগা পুথোকপা। ২০০৫ গী জুন ১৮ দা দ গ্রেট জুন অপবাইজিং মেমোরিযেল কমপ্লেক্স কেক্রূপাৎ, কংলা, ইম্ফালদা অশৈবা ২১ না শকক য়াদুনা পাঙথোকখিবা শৈবেং শৈদিম্নবদা পাথোকখিবা শৈবেংশিংবু শবতচান্দ থিয়াম্মা এদিট তৌবগা লাপ্থোকপা।

লৈবাক্কীদমক অৱাবনা পোক্লা ঈশ্বরশিংদা

## ৱামাং য়ানবা

ঈ অমসুং পি ঃ দ গ্রেট জুন অপরাইজিংগী শৈরেং

কনামত্তা হৌনরুবা নাইদনা চোংথোক্লরকখিবা জুনগী অকনবা ঈহৌদু কনাগীদমক্তনো? কুইর কুইরগা হেন্না ময়েক শেংলকলিবা দ গ্রেট জুন অপরাইজিংনি। মী খুদিংমক্কী থম্মোয়দা ফাওখিবা ইৱায় ইনিল অদুসু শিথবা লৈত্রি। অইবশিংগী শিয়োমনুংদা নাওপুখিবা মরূ চংলবা ৱাহৈশিংদুনা মিৎ মায় পাঙলকপদসু হেন্না হেন্না ময়েক শেংলকলি। অইবশিংনা কৈদৌনুংদসু মীয়ামগী পুন্সিদগী নাথৈদুনা খক লৈথোক্তে। য়াওশিল্লি। মসিদগীসুনি থোরকখ্রিবা **ঈ অমসুং পি**।

মণিপুরগী অইবশিংনা মীয়ামগী পুন্সিদগী লাপথোকপা শুকলৈ লৈতনা ঙসিফাওবদা লাক্লি। লমাবম কমল, খ্বাইরাকপম চাওবা, হিজম অঙাংহল, অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ, হিজম ইরাবত, হৱাইবম নবদ্বিপচন্দ্র, তখেল্লম্বম থোইবী, অশাংবম মীনকেতন, জি সি তোংব্রা, এলাংবম নীলকান্ত, অরাম্বম সমরেন্দ্র, শিজগুরুময়ুম নীলবীর, হিজম গুণ, মহারাজকুমারী বিনোদিনী,

খাইদেম প্রমোদিনীনচিংবতা নত্তনা পনবা য়াবা ময়াম অমসু লৈরি। মণিপুরগী ঙমখৈ অমসুং অপুনবা শক্তম ঙাক্লবগীদমক মণিপুরীশিংনা থব্রায়না পোষ্খা পীবা ঙমখিবা জুনগী ঈহৌ অদুদসু মণিপুরগী অইবশিং তুমিন্না লৈখিদে। লাইশ্রম সমরেন্দ্রমক্লা মীয়ামদা থৌনা পীবগা লোয়ননা মণিপুরগীদমক লাওখি– *নহাক্কীনি ঐখোয়/নহাক্কীনি পূম্নমক/ঐখোয়গী থৌনা ঐখোয়গী লিংজেল /ঐখোয়গী পাঙ্গল/ঐখোয়গী পাম্বোম নহাক্কীনি/ঐখোয়গী থব্রায় নহাক্কীনি।* (মণিপুর– দ বুক ওফ সেল্ফলেস সেক্রিফাইস, লাঃ ২৩)। জুন অপরাইজিংগী থিংঙমদ্রবা মীয়ামগী খোল্লাওদুগী মরক্তনি রতন থিয়াম্নসু থৌনা ফনা ফোঙদোকখিবা – *লাকখিবনী ইশাগী লমদমবু ইশাগী ফিগাওদা/হাপ্লিয়ু হায়দুনা থম্মোই শোকপা তেংথাখোলগা লোয়ননা...।* (নখোয়দী তূমখ্রে, ঐখোয়বু হৌদোকপীরম্লগা– দ বুক ওফ সেল্ফলেস সেক্রিফাইস, লা ঃ৪)।

অইবশিংগী থম্মোয়দা ফাওখ্রিবা পূম্নমকপু ময়েক শেংনা য়াকাইখিবদি অথৌবা অথৌবীশিংনা য়াতাখিবা কেক্রুপাত্তা ইহান হানবা ওইনা জুনগী ১৮, ২০০৫ থাংজ নুমিত্তা পাঙথোকখিবা শৈরেং শৈদিন্নবদুনি। সাথৌলুপ (সাহিত্য থৌপাং লুপ) না দ গ্রেট জুন অপরাইজিং দে ওবজার্বেসন কমিতি, ইউ সি এমগা খুৎশম্নরগা পাঙথোকখিবা শৈরেং শৈদিন্নবা অদুদা কবি ২১ না দ গ্রেট জুন অপরাইজিংগী শৈরেংশিং পাখি। কাউঙম্নরোইদবা অমা ওইনা লৈহৌরগনি দ গ্রেট জুন অপরাইজিং মেমোরিয়েল কমপ্লেক্স কেক্রুপাৎ, কংলা, ইম্ফালদা অথৌবা অথৌবী ১৮ না য়াতাখিবা মফমসিমক্তদা অহানবা ওইনা পাঙথোকখিবা শৈরেং শৈদিন্নবা।

থাজবা মাংদ্রিবা আশা লৈরিবা লমদম অমা ওইনা উরকপদু থাংজম ইবোপিশক্লা অসুম্না ফোঙদোক্লি– *ঈহৌ কয়াসি উরকপদা খঙলে/জাতি অসি খক শিররোই/চিরক্লবা মতমদা লাম্ছেংনবা ঙম্বগী হক্লবা পাঙ্গল/থায়নগী ইপা ইপুনা মচাশিংদা পীরম্বা পুব্রারীগী খূদোল/হৌজিকসু লৈরি হৌজিকসু*

*লৈরি* (লাঃ৭৪)। লৈবাক নীংবা য়ামখৎলকপসিদা নুংনাংবগা লোয়ননা ফোঙদোরকই য়ূমলেম্বম ইবোমচানা— *ইমাগী লমদি ঐখোয়গী লমনি/ শেৎলগে লৌরগে য়োল্লগে হায়বসু য়াওরকই/থৌজাল হৈবী নুংশি চাউবী ইমানি ঐখোয়গী/কবিসু হায়দে মাদি তুমিন্না লৈ* (লাঃ৬৪)। থৌনা ফবা মীনা লাকচবা য়াদবা মতৌদুসু মোইরাংথেম ববকন্যানা ফোঙদোক্লি—*নঙগী করাম চাউবা ব্লাখল অমনা /ফাদুনা পুবীরক্লগা ননাক্তা/করিগী শীংনরি কবিগী লক্লবি/শীংনবা য়াদবা লক্লবা য়াদবা/মখোয়গী মফমদা?* (লাঃ ৯০)। হৌজিকসু লেপপা লৈতনা চোংথোক্লরক্লি ইমা লৈবাক্কীদমক কবিমত্তা নিংহন্দনা। বাজকুমার ভুবনস্নানা ফোঙদোক্লি -- *কেমজগে ঐখোয়গী হকচাংসে/ফাথরবা নঙগী শল্লাং খোমগৎপদা/তেকচগেনে লু-লাং পূম্বা/ নঙগী ফিজি ফিনা লোইশিনজবদা* (লা ঃ৮৫)।

আশাগী মঙাল উবিবা থাজবগী মীৎয়েং শাল্লিবা বিবেন্দ্রজিৎনদি উবি লমদম অসিবু অসুম্না—*মঙাল নাইরগনি মেবা থাউমৈ/থোরক্লগনি নুংশা লৈমসু/ফৌবগনি হন্না লশিং-পোলাং/শাবগনি শেগায়বা নাইববোইদবা/ চরৈ ঙবোং ফি* (লা ঃ১০২)। সুকসোই সোইদনা ঙমগনি হায়বগী থাজবা অমসু লাইশ্রম সমবেন্দ্রগী মফমদা লৈবি। অদুনা মহাক্লা চেৎনা থাজবা অমগা লোযননা হাযবি —*শিন্নরমগনি ঐখোয়না/পৃথিবীগী তম্পাক্তা থনমগনি/ অনৌবা ফজবা চাওখৎপা/লমদম অমা পীবমগনি* (লা ঃ১৬)।

দ গ্রেট জুন অপবাইজিংগী শৈবেং অসিমক্তি কাউঙমদ্রবা মুর্ত্তি অমদি ওইহৌরগনি। মরমদি কবি ২১না মথং মথং মব্দ চংলবা ব্রাহৈশিংদু লাম্ফোরকপদা থম্মোয় কয়াবু মুব তৌহনখি। আইএস তিভিনা থৌবমদু লাইব তেলিকাষ্ট তৌদুনা মীয়ামদা হকথেংননা তাহনবদা অঙকপা অমা ওইহনখি। ওল ইন্দিয়া রেদিও ইম্ফালনা লাম্ফোরকপদা দিদিকে ইম্ফালনা অমুক শন্দোরকপদা থম্মোয় কাচিন য়ৌশিনহনখি। লৈখিদ্রবা অথৌবা অথৌবীশিংদা

লৈ-কত্তুনা ইকায় খুম্নবা উৎলুরগা কবিশিংনা মখুৎমক্লা ইবা শৈরেংশিংদু মীয়াম মমাংদা মথং মথং পাথোরকপদা মংলম্বা নোংনা শমজি খাইদুনা পাইখ্রগা অতিয়াদগী চাইথরকখিবনি নুমিদাংবাইরমগী স্নরূপ্না মঙালদু শেংলবা কেক্রুপাত্তা।

দ গ্রেট জুন অপরাইজিংগী শৈরেংগী লাইরিক অমগী মঙ অমদি মঙখি সাথৌলুপনা । অদুবু ঙসিদি মঙ অসিমক কবিশিংনা অয়াবা পীবীবদগী মঙফাওনরে। বানানগী মতাংসিমদি কবিশিংনা মশা মশাগী ওইনা শিজিন্নরকপা বনান খরা য়াওখ্রে। মথং মনাওসিমদি শৈরেং শৈদিন্নবা মতমদুদা লৈখিবা অহান অকোন অদুদা অদুমক থমখ্রে। অথৌবা অথৌবীশিংনা য়াতাখিবা কেক্রুপাত্তা য়াইকাইখিবা মরূ চংলবা ব্রাহৈশিংগী খোমজিনবা লাইরিক অসি পুথোকনবা হোৎনবদা অঙম্বা থৌদাং কয়া লৌবীখিবা পূম্নমক তুং কোইনা নীংশিংদুনা লৈহৌরগনি।

শরতচান্দ থিয়াম

*এদিটর*



*লাইশ্রম সমরেন্দ্র— ১৯২৫ দা পোকখি। ফোঙদ্রবা লাইরিকশিংদি বা অমতা হায়গে তেলঙ্গা (১৯৬২); মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাৎলে (১৯৭৪); খুন অমগী রারী (১৯৮৫); স্বর্গদা অবাবা অমসুং নুঙাইবা (১৯৯৯); মনা কৈথেলগী লাইফদিবী বাই তোনু দেবী (১৯৯৯); বাকচাংগী কবিতা (২০০০) অসিনচিংবনি। যামিনি সুন্দর গুহ গোল্ড মেদল, মণিপুর স্তেত কলা একাদেমী, নেসনেল সাহিত্য একাদেমী, জননেতা হিজম ইরাবত মনা, তায়েঙ্জম জয়ন্ত পোইট্রি এরাদ্দনচিংবা মনা কয়া ফংখ্রে। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফালনা কবিরত্ন মীংনা ইকায়খুম্নখ্রে। থৌজিক য়াইস্কুল হিকহনবা লৈকাই, ইম্ফালদা লৈ।*

লাইশ্রম সমরেন্দ্র

# ঐখোয়

লাঙগদবমখৈ লাঙলুরগা
লাওগদবমখৈ লাওরুরগা
হম্থুরকই ঐখোয় ভাব তারকই
খঙলকই ঐখোয় অমত্তনি
লমদম অসিগী মচা ঙাক্তনি।

অৱাংবা চীংগী চীংদোন্দগী
য়েংগদবমখৈ য়েংলুরগা মিৎ পেন্না
শাংলবা তুরেলগী খোঙনুংদা
চৎকদবমখৈ চৎলুরগা
কোয়গদবমখৈ কোয়রুরগা
খঙলকই ঐখোয় অমত্তনি
লমদম অসিগী মচা ঙাক্তনি।

পৃথিবী কোয়রুরগা
চীন জাপান চৎলুরগা
হল্লকই ঐখোয় ঐখোয়গী শোৎথহৌরবা লমদম অসিদা
উরকই ময়েক শেংনা ঐখোয় অমত্তনি
লমদম অসিগী মচা ঙাক্তনি।

শেন্না তারি ঐখোয়
চীং তুরেল উমং লমদম অসিগী
য়েংবা তারি লৌবুক লম্পাক অমত্তা খাক্তনা
মহৈ মরোং চুমলবা লমদম অমা
ওইহনবা তারি
ভারতকী অৱাং-নোংপোক লমদম অসিদা।

শিন্নরমগনি ঐখোয়না
পৃথিবীগী তম্পাক্তা থনমগনি
অনৌবা ফজবা চাওখৎপা
লমদম অমা পীরমগনি
লমদম অসিগী হৌগৎলকলিবা
নহারোলগী খুত্তা শিন্নরমগনি ঐখোয়না
অঙকপা ফজরবা মফম অমা
ভারতকী অৱাং-নোংপোক্কী লমদম অসিদা।





এলাংবম সোনামনি— ১৯২৫ দা পোকখি। ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংগী মনুংদা পনবা যাবা খবদি নির্মল যমুনা (১৯৬৬); বোমকুদা শিকার (১৯৭৩); মংশং ভানবা (১৯৭৮); মমাংখোঙ লোম্বরদি মনীংখোঙদা লাকউদনা (১৯৮৫), হায়নবীদো (১৯৯০); মৈতৈগী ঈজ্জত (১৯৯৫), বাখোকচাও (২০০৪) অসিনচিংবনি। মনিপুর স্তেত কলা একাদেমী অমসুং নেসনেল সাহিত্য একাদেমী এৱার্দ ফংখ্রে। হৌজিক মোইরাংখোম লোক্লাওবুং, ইম্ফালদা লৈ।

## কনানা শানি মেপেং

অকনবা থুগনি
শায় তিংখং পাল্লবা;
থুজিন্না থরংনি
তিংখং মশা মতু জোম জোম
মোনমোন লাউবা টৌবোক টৌবা
মিতা ঞাহু মিতং ।

পুংশুম শুগাইনা ,
পায়াখি কেংলোম্না
মনাখি আশানা ।
অঙনবনা অহবনি
মৈত্রবাক ~~[illegible]~~ শমনুংশি
অপাকপা শমখোল্লাকনি ।

চংখরে মৈদিংঙু
কিদায় লৌখি কপ্পা কপ্পা ,
লৈপোই খুং হাইনা হাইনা ।

উপঙ্কানি থাশক
আশানি স্বর্গ
মাঙাখি মৈদিংঙু ।

এলাংবম সোনামনি

# কনানা শানি থেঙ্গৌ

অকনবা খুৎনি
শায তিংখং পাল্লবা;
খূজিন্না খবঙনি
তিংখং থক্তা মতু জোম জোম
মোনমোন লাউবা ঙৌবোক ঙৌবা
মিত্তা জাদু মিত্রং।

পূংশুম শুদ্ধৎনা,
পাযখি কোংগোম্না
থনখি আশানা।
অওনবনা অফবনি
মৈত্রবাক লমনুংশি
অপাকপদা লমথোক্লসি।

চৎখবে মৈদিংঙু
বিদায লৌখি কপ্না কপ্না,
লৈহৌই খুৎ হাইনা হাইনা।

ঙাক্লনি ব্রাশক

আশানি স্বর্গ
থাজখি মৈদিংঙু।
শুক্ষৎলে জাদু মিত্রংনা
পঙথবে মৈত্রবাক্ মচা
ফকচিনখ্রে বুদ্ধি লৌশিং।

জাদু মিত্রংনা শুক্ষৎলিঙৈ
চোকোলেট পীজ পীজদুনা
কাউহনখ্রে হৈঙান মহাও।

কাউখ্রে কবো তম্পাক।
মাঙশিল্লক্লে মতীক মযাই
ওইবক্লে হংলাই।

খুবামুংদা কোংগোম্না
থম্লম-হী-যাই মৈদিংঙুনা
থি-হূম পুখ্রে মাঘ্রাবীনা।

মৈতৈ লৈকোল মক কোক্লে
মরু ফৃকখ্রে চাবা লৈত্রে
বসন্তদা য়েন্নীং হুন্দবে।

খুবামুংদা কবক কবক
কাপখৎলকই তুবক্তে তিংখং
যৈশিল্লকই খবঙ খুজিন।

খুরক্তা তোংশা
ঈহিং-নাহিং শা
মৈতৈ সমাজ দম তোইরে;

উপশিল্লক্কি মিরাংনা
অরেং অরেং পৃখরি
কপ্লি কৈথেল লাইরেম্বী।

ব্রাত্ত-পাদ লৈরম্বা
অতিথি সেবা তৌরম্বা
তাঙ্গম খৌরাং লৈবাক ওইরে;

চেঙনি খুজাই পায়
য়ুমথোঙ খুদীং ভিক্ষা চৎলে
ইকাই-নুংশি ফিরুক খুমলে।

খাঙলে থক-থক নীক্লা
হংনরকলি হিংলিবরা
নঙবু মণিপুর!

কদাইদা লৈখ্রে মৈতৈ পাখৌ
হৌজ-থেংখাং কয়াদা
য়েক্লবা মায়রোং য়া

কঞ্জবনি নখোয়তনা
সনা লৈবাক মণিপুর
মনীং তম্বা মণিপুর।

থেঙ্গৌ অমুক শাবদা

য়েক্লবা চামা-চামা
খোঙকাপ চামা তুংদ-হন
চেনখিবনি শমজি খাই
তখেল ময়াং খাগী খাম্রং
কবো অৱা খাহী-অকাম।

কদায়দা লৈরি লাইৱা
মন্ত্র-তন্ত্র মায়য়োকৱা
হিকথরবগী অমৃত—
মোইবুং খোঞ্জেল তাবদা
ফৈজোম কুঞ্জা তুংদা তাখৎ
থাঙগী জগোয় শা

লাঙ্গোই খুরূপ থৌ
আরাম্বাই খোইরেন পাই
য়েক্লবা শমজি খাই।

কদাইদা লৈপ্রে পজেং ফিরান
লিংজেন মান্নবগী পাঞ্চজন্য
অপূনবা খোল্লাউ জয় ধবনি—

খুৎপাইশিদৈ নাম্থোক্লবা
লৈহৌরি' খর কন্নবা
বসন্ত য়েন্নীং হুন্নবা—

থোরক্লো পাথৌ
শাহৌররো থেঙ্গৌ
নাম্থোকখিনি তাঞ্জা।

*নোংথোম্বম শ্রীবীরেন— ১৯৪৬ তা পোকখি। ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংগী মনুংদা পনবা য়াবা খরদি তোম্নবা শাদুগী রাখল (১৯৭০); হুম্লকপা (১৯৭৩); মসিনা ইম্ফালগী রারীনি (১৯৭৮); মপাল নাইদবসিদা ঐ (১৯৮৯); মী শুম্নবা কোণু (১৯৯৫); সনাগী কৈরাক (২০০১) অসিনচিংবনি। যামিনি সুন্দর গুহ গোল্ড মেদল, স্তেত কলা একাদেমী এরার্দ, নেসনেল সাহিত্য একাদেমী এরার্দ, দিনেশ্বরী সাহিত্য সনানচিংবা ফংখ্রে। হৌজিক উরিপোক অচোম লৈকাই, ইম্ফালদা লৈ।*

নোংথোম্বম শ্রীবীবেন

# ৱাহৈ পীয়ু, ইমা ৱাহৈ পীয়ু

তাইবং মীওইপোক্কী
হন্দক মপোক,
ঐগী পুন্সিগী অথেঙবা মতম
হৌজিক হৌজিক,
ৱাহৈ পীয়ু, ৱাহৈ পীয়ু, ইমা ৱাহৈ পীয়ু।
ঐগী ইমা মণিপুর নুংশিবী,
নঙগী পুৱারীগী লেপ্তুনা
চেম্থরক্লিবা ঈচেলনা,
ঙসিদি থুংলরেদো,
ওন্থোকপা তানফম'মদা
শাথীনা লুরবা হিদেনসিদা।
ইমা, নঙনা লৈরিবা ফিভমসি
নোংমা নোংমগী অসুম লুশিল্লক,
অসুম অসুম লুশিল্লক,
হেন্না হেন্না লুশিল্লক্লিদো।
ইমা, নঙদি, চায়াম পোকপীনি,
মমা নীংবা,
মমা নুংশিবা নচা ঙাক্তনিনে
নহাক্কী;

মমাবু নুংশিদবা,
মমাবু নীংদবা,
নচা কনাসু য়াওদেনে নচাশিংসে।
মরীংজেন খাবা, মরিল লৈবা,
মীনা লাকচবা য়াদবা,
মথৌনা ফর-ফরবা, কল্ল-কল্লবা নচা
কয়া কয়ানি।
নচাশিংসে তাইবং মীওইপোক
হন্দক মপোক্কী,
পাম্মুজরবা য়াইবী থৱায়, ইমা নঙগীদমক্তদি,
থাদোকপগী হালেংবা লৈনদ্রিদো।
নচা কয়া কয়াসু, মতম পূম্বদা থৌরাং তৌদুনা লৈরিনে
য়াইবী থৱায় কংকদবগী ইমা নঙগীদমক্তা।
শিবা কিদ
মথ্বায় পাম্মুদ অহিং নুংথিল নাইদ
উমংদা, চীংনুংদা, লোকনুংদা, লৈকূ-লৈরায়দা
তূম্ফম চাফম খঙদ,
অৱা-অনা কয়া মায়োক য়ারিদো।
কয়া অমনা নঙগীদমক্তি হায়দুনা
মকন্থিনা মরলবু পাম্মুদ ফোয়দৎচরিদো;
উচি কল্লক ময়ূমফাও মৈ থাদোকচরিদো।
মখোয় কনাসু মীচাবোক নত্তেনে,
ইমা নঙগী নবুকথোক্কী নচা ঙাক্তনিদো;
নচাশিংসে মঙাও থীজবনিদো
চুম্না সুম।
ইমা নঙবু নুংশিবদগী তৌনরিবা ঙাক্তনিদো।

ইমা নঙগী ফনবনি,
ইমা নঙ নুংঙাইনবনি,
মচা ওইবগী তৌফম থোকপনি,
তৌরিবসিনা খ্বাইদগী চুম্লবনি খন,
খ্বাইদগী ফরবনি নীং,
তৌরিবনিনে মখোয় পূম্বা।
অদুবুনে ইমা,
অচুম্বা অশেংবা হায়বসিদি
খঙবদা শাথিনা লুবনিনে;
অদুনা শোল্লবা নচা ঐনা
কিজরিবদি, নুংশা থীজরিবদি
ইমা নঙগী নথবাক্তা
কাঙনা চীকপা উরগা
ইমা নঙবু থম্মোয় শেংনা,
থব্বায় থূম্না নুংশিজবা
নচা কনাগুম্বনা কাঙদুবু শাউনীংমনখিদুনা,
মখূৎতা পায়রিবা
মরু পীক থন্না হাল্ল
নোংমৈদুনা কাপখায়
কাঙ অদুবু হাৎতোকপদা,
ইমা নঙসু য়াওখিগদ্রা
কিজবনি নচাদি।
অচুম্বা, অশেংবা হায়বসিদি
খঙবদা কয়াগী মতিক লুবগে হায়বদা
তাইবং মীওইপোং ওইবা ঐখোয়দি লায়রদুনা
চীংঙু লাই ফাওবা অশেংবা মপা মশক খঙলুদবদগী

অৱাং চাউখোং হিদেন্দা
ষন অশিবা লোকহৌদবগী
নীংঙমদা মৈশা লাংখিবনি থম্মোয়নুং।
অদুগা,
ইমা, চায়াম পোকপী পলেমশিংদি
মমা ওইবী হায়বসে ওম্থোক্না লুখ্রবনিদা,
মচাশিংগী মরক্তা নুংশি তাহেন নাইরুবগী
মপারি চীংখোঙ অহলবা,
কোরৌ নোংশেম্বা, মালেম লৈশেম্বা,
নমু পোংশেম্বা মপল পম্থৌগী মতিক মঙম পুরিবা,
নোংদম্বা মাগী অশাও খাম্বী মৈশা লাংখিবনি
তাইবং পলেম লৈমরেল শিদবীফাওবা।
চায়াম পোকপা হায়বসিদি
মচাশিংগী মবক্তা
ৱাখল মান্নদবা, পূকচেল তিন্নদবা য়াওরকইদো;
অপঙ-অশিংসু কয়া অমনিদো নপারি নমোমশিংসে।
পূকচেল তিন্নদবা, ৱাখল মান্নদবা নচা খরনা
লান্না খন্নখিদুনা, মপূক্লীং নুংশিনা পূক্লৌ ৱারৌখিবদা
মিপাইজরবা নপারি নমোম লীশিং লীশিং
চেম্থোক্লরকখি ময়ূম ময়ূমদগী,
পায়নরম্বা শীম্থা থাদোক্লরম;
অহিং নুংথিল খায়দা
লৈরক লৈরক খুদিংদগী,
কোম্থোঙ কোম্থোঙ খুদিংদগী।
হৌনরু নাই কনা?
কনানসু হৌনরুদে, মহৈ মহৈ খীংনখি লমজাও শরক্তা কাঙশি

খ্রাং খ্রাং;
মদুদগী মৈরাগা মৈরাগা,
পৃংগা শেনগা, পৃংগা শেনগা,
মায়কৈ মায়কৈ খুদিং পৃমনিল নীল,
পাইথোক্নরকখি মুকথ্রুবী চবুন চবুন।
হাইথনখি লৈমায়থক, থব্রায় য়াওদ্র নপারি নমোমশিং;
কৎনখি য়াইবী থব্রায় ইমা নঙগীদমক চিংন লৈত
মদোম চোংশিন চোংশিন;
চাকখি সনা কোনুং মৈনা তুম;
অদুবু শোকখিদে মচিন মনাউ কনাবুসু
তুবুম নাম্মা তেকহনখিদে ব্রাবৌ পৃক্লৌ চাউবশিং;
মীতোপ্লি খনখিদে মখোয়বু কৈদৌনুং।
মচিন মনাউবুদি মুন্না খণ্ডবনি মখোয় খুদিং
হাই হাই কবিগী পৃকচেলনো
ফজখ্রেদা ওন্থোক্লা,
মালেমদা অনী শুরোইদা।
পৃম্নমকসে নচাশিংসে মীচাপোক অতৈ নত্তেদো,
নপৃকথোক্কী নচা ঙাক্তনিদো
নচাগী নচা অমহানিদো;
করম-কবম্বা নপারি নমোম্বুনা
অপঙবনি, পৃকচেল তিন্নদে হায়না ইন্থোকপীগদৌরি?
অদুগা,
কনা কনাবুনা অশিংবনি,
পৃকচেল তিন্নে হায়না কোনশিনবীগদৌরি?
আঃ ওন্থোক্লদি লুখ্রেদা, ইমা নঙনা তৌদোইসে!
হে ঐগী ইমা মণিপুর নুংশিবী,

নঙবু নপারি নমোম কনা কনাগা লৈমিন্নহৌগদগে,
করম্না লৈহৌগদগে খনবদা
থবক তৌবা ঙম্বগী হকচাংগী পাঙ্গলসু লৈত্রবা;
অচুম্বা অফবা ৱাখল পোরম পুথোক্লবা
লৌশিংগী পাঙ্গলসু থোক্লবা;
ঐসে অনাবগী ৱাশ শাজৈগী চৈনামক্তা খাঙবদা ৱাজরবা
ঐগী পুক্সিগী অরোইবা শরুকসে,
তৃম্বা য়াদেদো, চাবা চঙদেদো,
যাম্না কিজেনে, য়াম্না ৱাজেনে
তনিক তনিকচৈ
হযি হয়া হয়ুম।



*মুহম্মদ অব্দুর রহমান খুংহৈরম— ১৯৩৫ দা পোকখি। ফোঙথ্রবা লাইরিকশিংগী মনুংদা পনবা যাবা খরদি থম্মোইগী খোল্লাউ (১৯৮০), পোম্লে তাইবং (২০০০); ইরাওদুরু করিনো (২০০২), সাহির-সলমা লুহোংবা (২০০৪) অসিনচিংবনি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাললনা সাহিত্য ভূষন (২০০৩) পীদুনা ইকায খুম্নখ্রে। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি ইম্ফাললনসু ২০০৪ দা রাইটর ওফ দি ইযারগী মিংথোল পীখ্রে। হৌজিক কৈখু, ক্ষেত্রিগাও ইম্ফাল ইষ্টতা লৈ।*

মুহম্মদ অব্দুর রহমান খুংহৈবম

## তুং ইল্লক্লি ঐখোয়সু নখোয়গী

লাক্লে জুন তবানিপাল
ঈঙাঙনা লৈতেংখিবী তবানিপাল।
নীংশিংহল্লে ঐখোয়বু তবানিপাল
তাঙলবা ঈবৈচা তবানিপাল!
থবাযনা ঙমখৈ-যূম্বী ওনখ্রবা তবানিপাল
কেক্রুপাৎতা যাতাবিবা যাতাবিবী তবানিপাল!

মখোযগী পান্দম লৈহৌবিবশিংগী পান্দম
খেন্নদে মান্নে, অমতনি পান্দমঃ
"ঈবৈবাক ঈবম্লেন মাঙবা যাবোই
ঐখোযগী ঙমখৈ কাযবা যাবোই,
লৈমিন্নসি ঐখোয হিংমিন্নসি
ঈবৈবাক্কীদমক অমত্তা ওইনা লেপমিন্নসি!"

লোইদে মখোযনা অতৈসু লৈবি
লাউবদুনাঃ "ঙমখৈ কন্নবা ঐখোযসু লৈবি।
খ্বাংলাক-কিশি থাবদুনা ঙাইবি
কেক্রুপাৎতা য়াতানবা ঙাইবি!
থেংননি যেক্লবা কনগনি ঙমখৈ

থাগনি থবায় ঙাক্কনি ঙমখৈ!"

চৎখ্রেদো তাঙলবা ঈবৈচা তরানিপাল
ঙমখৈ ঙাক্লম্বা ঙাক্লম্বী তরানিপাল
মখোয়গী তৌবিমল খঙবা উৎলসি
নূংঙৌ ফুরা শারসি, ব্বারোনসে হক্লগা থন্নসি–
'মাঙ থাখ্রে নখোয়না ঐখোযগী
তুং ইল্লক্লি ঐখোয়সু নখোয়গী!'



*রতন থিযাম— ১৯৪৮ দা পোকখি। ফোঙঙবা লাইবিকশিংগী মনুংদা পনবা যাবা খবদি লোয়া হাযগে ভুমিয়া তাও, ফনেক খোইদোম লেংলিডে; লেগাযবা কুবাংবান, উনশাদা নুংশিবা, তামোগী পাউজেল মেম্মগী পাউখুম; শ্রীমতী ইচেবেম্মা; তাখোম্মে নাচোমলক্তা চিগোংলৈ অমা; মনাগী থম্বাল অসিনচিংবনি। সঙ্গীত নাটক একাদেমী এবার্দ, নন্দীকাব মনা, কালিদাস সম্মান, বান মেন বান কন্ত্রিনচিংবা এবার্দ কযা ফংখ্রে। মনিপুরদা সিঙ্গ ফযাব এক্সতেন্সন তৌবকখিবা মতমদুদা যানিংদবা ফোঙদোক্নুলা পদ্মশ্রী মিংথোলদুদি হন্দোকাখ্রে। থৌজিক উবিপোক হাওবম দেবান লৈকাই, ইম্ফালদা লৈ।*

বতন থিয়াম

## অমুবা কোলাস, খোঙচৎ অমদি খোঙবুরোই

অভিশাপ ফংলবা খুন্নাই অমগী
থমাইখ্রবা, মরোল থোক্রুবা, মরৈ ককথৎপীখ্রবা মীওই ময়াম
মখোল থোক্রুবা অহৌবা খোঞ্জেলদা
শোয়ববা লৈঙাকলোনগী ব্রাকৎপগী ঈশৈ শকই
মমায় য়াওদ্রবা পূং কন্না কন্না য়ৈদুনা
তাবীগনী খন্না অবাপ্পা লমদমগী স্না-কোনুংনা।

নুমিদাংব্রাইরম য়াওদনা
পুন্সিগী অহিং খঙহৌদনা ওইখ্রবা
মরীংজেল পানবা মখোয় খরদং
হাইথখি অমুবা কোলাস মথক্তা
পোষ্ট মোর্টেম রিপোর্টতা করিসু ফংখিদে
নোংমৈ মরু নত্তনা হকচাং অদুদগী
অদুবু অখঙবশিংনা হায়—
থব্রায় হকচাং খাইনরমদাইদা
ঈশিংগী মহুত্তা 'ঈমা' হায়না শোনলক্ষ্মী
অদুগা চুম্নগী মিৎনা উবা ফংদ্রবা
ঙমখৈগী পাফল থবাক্তা চেৎনা কোনলক্ষ্মী।
মাগী অরোইবা মিৎকুপ্তা

নাকোংদা শোম্বাংননা হায়রম্মী—
হয়েং অমুক হৌগদৌবনী খোঙচৎ অসি
থুংলরিবা মফম অসিদগী
নদোম চৎখিনু লম্মাক্লগনী
পূন্না চৎমিন্নৌ।

পিরাংনা মবুক কংলবী ইম্ফাল তুরেলনা
লৈরাইদা ফূরদুনা খাঙই
মচাশিংগী চিতাগী অথাবা মৈখূরক্তা ফন্লিবী
ঈমাবু থেমজিনলি কপ্পা কপ্পা।
হাপোইনরবা ৱাখলনা লাইচুরবা
লৈহৌরিবা মচাশিংগী মিৎকী মাংদা
শোরো-শোরো লাক্কুনা চিংথোকপিখি ঈমাবু
হকচাং কয়াৎ মথং মথং ককথৎলগা
পুখ্রগে হায়দুনা মীরমদমদা কাংলূপ খরনা—
মৈহৌরোনদগী পুন্না লৈমিন্নরক্লবা ইতিহাসকী মচানুপী
লমদম অসিগী সংস্কৃতি
মফি মুনলি মখোয়না
অহাংবা হকচাং য়েংলগা
হৌনা নোকপা মীনোক
খোম্থাং য়ৈরকই চীংলোন মাপনদা।



*শান্তেনবম ভানুমতী— ১৯৪৮ দা পোকখি। ফোঙদ্রবা লাইরিক খরদি খোঙ্জেলসিবু নঙগীবা (১৯৮২); কন্নবা ঈরৈ'মদা অসুম অসুম (১৯৯১); অরোইবা রাহুং (২০০২) অসিনচিংবনি। ভারতকী মফম কযাদা পাঙথোকপা কবি সম্মেলনশিংদা শরুক য়ারকে। বাংলাদেশতা চত্নুনা সাহিত্যগী মীফমদা শরুক য়ারকে। হৌজিক খাগেমপাল্লি ভানপ্পীথোং, ইম্ফালদা লৈ।*

# = ঐখোয় ইচীল ইনাওনি =

ইমা ঐগী-হুংশিবী
পশেম নঙবু-পুকতপ্পী
নচা চানবীনি নাইশক্তি
চায়োক নাউয়োক ফজবীনি
নীংশীংনকই অঙৈবগী-
নপারি-নমোথ কাউনুপ কাউনুপ
নশাইগোন্দা হিংজরকপা
নতশাক্তা চাউজরকপা।

লৈমদমাসিগী ইশিং-তুংশিংতা
মদমাসিগী লৈহাও-লৈবাক্তা
কাওথেং থাজরকপা নপারি-নমোথাশিং
অংনবা য়ামদবা শীপুন্না পুন
চীংগী তম্পী তিন্নরকপা
অমত্ত ওইনা হিংমিন্নবা,
অদুবু ঙাসিদি—
ইপাথ লমদম সৈথোরে
মাগী মেরীনা কোয়রকলে
রাম্ফল শীকপা নপারিগী-
ফংতবগী লাংঙা থুররে
ইচীল ইনাও মরক্তা
কল্লবা শীংচেপ্‌-থাবিরে।

লাও ইচীল-ইনাও শা!
চীংগী তম্পী পুনশিনাও
পাশেম শিবক ফাশিনাও
'চীংগী তম্পী-অমত্তনি
ইমা অমত্তই মচানি'
-খোঞ্জেল থাংনা লাউশিনাও।
মৈতৈনা কনানো?
নাগানা কনায়নো?
কনায় কুকি—
কনায় মারিং, কোইরেং
পাইতে, গাংতে,
মার, থরাম, আইমোল, খোয়োন'

শঞ্জেনবম ভানুমতী

## ঐখোয় ঈচীল ঈনাউনি

ইমা ঐগী নুংশিবী
পলেম নঙবু পুকতপ্লী
নচা চানবীনি নহাক্তি
চাযোক নাউয়োক ফজবীনি
নীংশীংলকই অদুঙৈগী
নপাবি-নমোম কাঙলূপ কাঙলূপ
নশাইগোন্দা হিংজরকপা
নতম্বাক্তা চাউজরকপা।
লমদমসিগী ঈশিং-নুংশিৎতা
মফমসিগী লৈহাও-লৈবাক্তা
কাঙদোং ফাজরকপা নপারি-নমোমশিং
তৎনবা য়াদবা লীপুন্না পুন
চীংমী-তম্মী তিন্নরকপা
অমত্ত ওইনা হিংমিন্নবা,
অদুবু ঙসিদি —
ঈপাম লমদম মৈহৌবে
খাম্বী মৈরীনা কোয়রকলে
ৱাখল পীকপা নপারিগী

ফৎতবগী লাংদা থুববে
ঈচীল ঈনাউ মবক্তা
কল্লবা শীংচেপ থাবিবে।
লাউ ঈচীল ঈনাওশা।
চীংমী তম্মী পূনসিলাউ
পলেম পিবূক ফাসিলাউ
'চীংমী তম্মী অমত্তনি
ইমা অমত্তই মচানি।'
খোঞ্জেল ব্রাংনা লাউসিলাউ।
মৈতৈনা কনানো?
নাগানা কদাযনো?
কদায কুকি—
কদায মবিং, কোইবেং,
পাইতে, গাংতে,
মাব, মবাম, আইমোল, মোযোন?
কদায সিমতে, সালতে, কোম, পুরুম
অনাল, তাংখুল, মোন্সাং, লমগাং?
কদায থাদৌ, জৌ, কাঁচা নাগা, সিমা,
মাও, কোইবাও?
কদায মিজো, কবুই, রাইফৈ,
বালতে, চোথে, অঙ্গামী, চীক?

ঐখোয় পূম্বা অমত্তনি
ইমা অমত্তই মচানি।
লমহেনবা মচা য়াওবনা
ইমাবু মাঙহল্লরেনে।
লালু চোমায় লৌরগে খন
হাইগৎলিবা থাঙশাঙদো
লংথোকখরো ইয়াম্বা,
থবাক ঈরম ফাৎলগে নীং
চেৎনা পায়রিবা তিমেনদো
থাদোক্লোনে ইদুনিংথৌ।
পলেম তম্বাকথকসিদা
ঈগী ঈরীক তাফদে
নখোয় করি খঙদবা?
ইমাগী মচা ময়ামনি
অমত্তা ওইনা পূল্লসি
অচুম্বই পরীং লাক্কুনা
ঐখোয় লীংজেল মান্ননা
পলেম পূক্নীং পেলহনসি;
অপূনবা খোল্লাউ লাউদুনা
খোঞ্জেল ব্রাংনা শকসি লাউ
শান্তিগী পাউজেল য়েনসি লাউ

"চীংমী তম্মী অমত্তনি
ইমা অমত্তই মচানি
ঐখোয় ঈচীল-ঈনাউনি
কৈদৌনুংদা কায়নরোই,
কৈদৌনুংদা কায়নরোই
ঐখোয় ঈচীল ঈনাউনি।"



*য়েংখোম বিহারী— ১৯৩৯ দা পোকখি। ফোঙথ্রবা শাইবিকশিংগী মনুংদা পনবা যাবা খবদি অনৌবা পৃথিবী অনৌবা আকাশ (১৯৭৯), ঙমখৈ অমা বাংমা লীশিং (১৯৮৩), অথুপ্পা শমদম অথুপ্পা চৈনা (১৯৯২), ছি অসি ঐগী (১৯৯৭), শাক্লে জগৎ অপুম্বা ইনাক্তা (২০০১) অসিনচিংবনি। যামিনি সুন্দর গুহ গোল্ড মেদ্‌শনচিংবা মনা কথা ফংখ্রে। হৌজিক ককচিং খুল্লেন মখা লৈকাই, ককচিংদা লৈ।*

য়েংখোম বিহারী

# হে অথৌবশা! কৎলি শ্রদ্ধাঞ্জলী নখোয়গী মফমদা

ইমা মণিপুরগী ঙমখৈ ঙাক্লনবা
পুন্সিগী অয়ুক অঙনবদা
ঙমখৈগী চেকপন অকোয়বদা
থবায়গী পোম্বা পীখ্রবা
লেঙদবা ঙমখৈ ঙাকপা ওইখ্রবা
হে ইমা মণিপুরগী মপারী মমোম অথৌবশা!
কৎলি শ্রদ্ধাঞ্জলী নখোয়গী মফমদা।
ঙসি জুন ১৮ অসি মণিপুরগী
'ঙমখৈ ঙাকপা নুমিৎ' পাঙথোকপা নুমিৎনি
ঙসি অসি নখোয়বু নীংশিংবা নুমিৎনি, লৈবাকহৌদুনা
নীংশিংলি নখোয়বু ঐখোয় ময়াম হৌদুনা
নীংশিংবদা নখোয়বু ঐখোয় ময়াম্মা
নীংশিংলি ঐখোয়না ইমা মণিপুরবু
নখোয়নি ইমা মণিপুরগী নীংশিং মূর্তি
নখোয়নি ইমা নুংশিবগী ফিদম মূর্তি
কৎলি শ্রদ্ধাঞ্জলী নখোয়গী মফমদা।
ঙসি অসি নখোয়গী অনৌবা নপোক নুমিৎনি

ঙসি অসি নখোয়গী অরোইবা নপোক নুমিৎ নত্তে
ঙসি কয়া লাকখিনি, নপোক নুমিৎ কয়া লাকখিনি
হন্না হন্না পোকলকখিনি
হন্না হন্না চাউরকখিনি
অথৌবশিংদি হন্না হন্না পোকই
হন্না হন্না চাউরকই
অথৌবশিংদি শিবা নাইদে
লোইবা নাইররোই নখোয়গী পুন্সি ব্রারী
নিল্লি ঙসি নখোয়গী পুন্সি ব্রারীনা
ঈথক ইপোমশিংগী মতৌগুম
ইমা মণিপুরগী ঈপাক্তা
য়ৈরল্লি খোঙ্গাং ইতিহাসনা হৌনা।
জুন ১৮ অসি মরুওইবা নুমিৎ ওইরে, ঐখোয়গী
নখোয়না ইমা মণিপুরগী ঙমখৈদা
থব্রায়গী পোম্বা পীখিবা নুমিৎ ওইবা মরম্না,
কেক্রুপাৎ অসি ঐখোয়গী অশেংবা তীর্থ ওইরে
নখোয়না অরোইবা য়াহিপ তানফম ওইবনা,
হে অথৌবশা! ওইহল্লে নখোয়না মফম মতমশিংবু মরুওইবা।
নীংশিংহল্লে ঐখোয়বু মফম মতমশিংগী মরুওইবা
মদুগীনি ঙসি ঐখোয় ময়াম্না তীর্থসিদা লাক্লিবা
নুংশিবগী শেংলবা তীর্থসিদা লুপমিন্নরিবা।

কৎলি শ্রদ্ধাঞ্জলী নখোয়গী মফমদা।

ইমা পোক্লফম লমদম্লা ঐখোয়গী পুন্সিগী মরুনি
ইমা পোক্লফম মণিপুরনা ঐখোয়গী নিংশাস্বর হোনফম্লি
ইমা মণিপুরগী অব্রাবনা মচা ওইবশিংগী অব্রাবনি
ইমা মণিপুরগী অচুম্বনা ঐখোয়গী পুন্সিগী অচুম্বনি
পোকপা হায়বসি পোকপনি ইমালৈবাক্কী মপোক্তা
হিংবা হায়বসি হিংবনি ইমা লৈবাক্কী পুন্সিদা
হিংখি নখোয়না ইমা মণিপুরগী পুন্সিদা
ব্রাখি নখোযনা ইমা মণিপুরগী অব্রাবদা
অথৌবশিংনা তায় অচুম্বনা কৌবা
মপারীশিংনা তায় মমালৈবাক্লা কৌবা
তাবগুম মচানা ব্রারবা মমানা কৌবা,
তাখি নখোয়না ইমা মণিপুরনা কৌবা
মণিপুর ইতিহাসকী মফম মতম অদুদা, ঙমখৈ ব্রাথোক্কী,
চোংশিনখি নখোয়না আত্মাবলিদানগী মৈবক্তা।

ইমা মণিপুরনা পাম্লবদা
পীবদা চাউমনবা করি লৈরিবা?
ইমা মণিপুরনা দরকার ওইরবদা
চাউমনবা মমলসিবু করি লৈরিবা?

নখোয়নি অথৌবা হিংবা হৈবা,

নখোযনি অথৌবা শিবসু খঙবা!

কৎলি শ্রদ্ধাঞ্জলী নখোযগী মফমদা।

কযাদা ফজখ্রবা লৈকোলনো ঐখোযগী

লৈ মচু মখল মথেনশিংগী!

কয়াদা ফজখ্রবা মণিপুরনো ঐখোযগী

জাতি সংস্কৃতি কয়ানা তিনবা!

কয়াদা নুংশিখ্রবা মহৌশাগী কোনুংনো

চীংলোন তুবেন পাৎ তম্পাক কয়া কযাগী!

ঐখোযনি তম্মী, ঐখোযনি চীংমী

ঐখোয়নি হিন্দু, ঐখোযনি খৃষ্টান

ঐখোযনি মুসলিম, ঐখোযনি মৈতৈ

ঐখোযনি অমত্তা হিংমিন্নবিবা ইমা মণিপুরগী তম্পাক্তা।

হিংদে কনা মৈতৈ ওইবদা

হিংদে কনা হিন্দু ওইবদা

হিংদে কনা খৃষ্টান ওইবদা

হিংই ঐখোয মীওইবা ওইবদা।

হিংদে কনা চীংমী ওইবতদা

হিংদে কনা মুসলিম ওইবতদা

হিংদে কনা বৌদ্ধ ওইবতদা
হিংমিন্নরি ঐখোয় মীওইবা ওইমিন্নবদা
হিংমিন্নরি ঐখোয় ইশেন ইশেন নুংখঙনবদা।

হিংদে লৈবাক হিন্দু ওইবদা
হিংদে দেশ খৃষ্টান ওইবদা
হিংদে দেশ মুসলিম ওইবদা
হিংমিন্নরি পূম্নমক মীওইবা ওইমিন্নবদা
হিংমিন্নরি পূম্নমক নুংশিনবগী অচুম্বা য়ূম্ফমদা।

হিংমিন্নরি ঐখোয় মীওইবা ওইমিন্নবদা
অমত্তা ওইমিন্নরি মীওইবা ওইমিন্নবদা
নীংতম্মিন্নরি মীওইবা ওইবদা।

ইমা মণিপুরনা ঐখোয়গী অপূনবা ইমানি
ইমা মণিপুরনা ঐখোয়গী পুন্সিনি
ইমা মণিপুরগী ঙমখৈনা ঐখোয়গী পূনমিন্নবা অধিকারনি
ইমা মণিপুর নুংশিবনা জাতি পূম্নমকপু নুংশিবনি
ইমা মণিপুরগী ঙমখৈ ঙাকপনা জাতি পূম্নমকপু ঙাকপনি।

হে ইমা মণিপুরগী ঙমখৈ ঙাকপশা

## জাতি পূম্নমক্কী অধিকাব ঙাকপশা

হে ইমা মণিপুববু নুংশিবশা!
জাতি পূম্নমকপু নুংশিবশা!
নখোযনি অশেংবা মমাগী মচা
কৎলি শ্রদ্ধাঞ্জলী নখোযগী মফমদা।



*বাচস্পতি ময়ুম জয়ন্তকুমার— ১৯৩৫ দা পোকখি। ফোঙখ্রবা শাইরিকশিংগী মনুংদা পনবা য়াবা খরদি নোংদোন লীক্লা (১৯৮৩); জাতক্কী শৈরোল (১৯৯২); পুন্সি ঈশৈ শক্ল-শক্লা (২০০৩) অসিনচিংবনি। মফম কয়াদা পাঙথোকপা কবি সম্মেলনশিংদা শরুক য়াখ্রে। থৌজিকব্রহ্মপুর নহাবম বাচস্পতি শৈরক, ইম্ফালদা লৈ।*

বাচস্পতিময়ুম জয়ন্তকুমার

# পারী থোইও নুংশিবা

(পলেম মমাগী তেংথাখোল)

চহী খুদিং লাকপগুম লাক্লি জুন তরানিপাল
ইংঙা নোংজু খোল্লাউরবা তেংথা-নাওইনখিবা।
ঙমখৈ কায়বা য়ারোইগী থাপ্পা তাম্বা খোঞ্জেল্লক
নোংমৈ মখোল দংদং হন্না হন্না তাখিবা
অদুঙৈগী তমথিবা নীংশিংলকই থৌদোকশিং।
থৌদোক্কুগী মরক্তা মমাশিংগী তেংথাখোল
মচা কায়ন মৈখুলাং থনুং কায়না নুংহিকখোল,
নীংশিংলকই ঙসিসু পিরোইনবী অহিংদো ॥

চহী মরি হৌখরে ঙসিসু তনৌ-তনৌবি,
থম্মোয় লৈনা লৈয়োম্মুং ঙসিসু তনিক-তনিক্লি।
অশোকপদি মফমশিং ঙসিসু তঙাং-তঙাংলি,
চৈনাশিংদো হৌখ্রবা ঙসিসু অদুম মফাওরি।
কল্ল-কল্লা শাংদোকপা ঈরম খোংলম মতৌনি
কুইর-কুইর পাকথোকপা অব্রা-ঈপাক ঈরেন্নি॥

ঙসিনা হেন্না মব্বারি মমা ওইবী থম্মোয়দা
তনৌ তনৌ মিরেন্দো তারি পূক্লিং লাইয়ূমদা

খল্লি নাব্রা মহাক্তো মতৌ করম লৈরিনি
করম চারি থক্লিনি কনানা লাঙ্গোনবীরিনি
ফিশু-ফিজাম অমোৎ-অকায় কনানবু য়েংলিনি
নোংজু-নুংশা নিংথম উল্লেন কদায়দবু খাঙলিনি
লাইরিক তম্বা কারিব্রা চৌবীনা কনানা থোংবীরি;
ঙম্মোক চাগে হায়দুনা কনাদা নিংঙাই তৌরিবা!
লাইরিক অহনবা লৈবিয়ু ফুরিৎ খোঙ্গ্রাও তৃবিয়ু;
কনাদবু হায়রিনি কনানবু তারিনি!
অহিংদুনা মুনখিবা নুমিত্তুদই লাকখিদ্রে
পারী নশক নুংওনবা ইমানা 'মুক উখিদ্রে
পারী থোইও নুংশিবা, নঙবু করম লৈরিবা!

চেল্লি পাউদি তত্তনা ইম্ফাল তুরেল ঈচেন্দা;
হঙ্গত্তবা ঈচেলনা করি পাউবু পীরনি!
নাকোই শীৎপা মালংদা হংলুই নঙবু কমদৌরি।
উনা উশা ব্রাশাদা জুরু জুরু তৌরম্মী;

মালং মরোল খঙদবনা নপাউ তাবা ফংখিদে।
নোংথাং ঈথক হৌবদা নোংনা ফৃয়না চুবদা
নঙবু করম খাঙলিনি ব্রাজখিদো ইমাদি
লৈচিলদা পাউ থাবসু চীংনা থৎখিমাল্লেদো
অমুক্তসু হল্লক্তে অমুক্তসু তল্লদে।
ঐদি থব্রায় পাল্লমদ' থৌদু নুঙবু ওইরম্বনা
শরুক চাম্ম ফরম্লি উৎকী মপৈ ওল্লম্বনা।

অহিংদুনা কৌখিবা নুমিত্তুদই লাকখিদ্রে
পারী থোইও নুংশিবা, নঙবু করম লৈরিবা!

লাইরিক তম্বা চৎলগে হায়রখিদ্রে ইমাদা
খোন্থাও অফ' শেৎপিয়ু য়েৎলখিদ্রে ঐঙোন্দা।
লাইরিক খাউসু খোঙউপসু লৈরি শোক্লু-পল্লুদা
ইচাগী ফিজোল নুংশিবা লৈরি ফিথুপ কায়রুদা।
নমান্নবা ময়াম্না লাইরিক তম্বা কারিবা
লাইবিক খাউদি নম্বো-পো স্কুল তম্না চৎলিবা
নঙসু য়াওরি মরক্তা মঙওই-হা-ওই খল্লুবা
মঙফাওনরক' তুংদদি অরানবসে খঙলক্লে;
ঐবু ব্রানবা শীল্লিবা লাইবক লাংবু ওইরম্লে।
খঙনা খঙনা করিগী য়াচঙবগী থোঙ্গান্দা,
ইচা হল্লক্লবরা তয়াং তশোই য়েংলুবা,

পিনা পাউখুম পীরকখি কপ্তুনতা খাঙলকখি।

অহিং নোংবু খোংলকপা নোংলৈ নুংশিৎ হৌরকপা
খল্লি নহাক কিরমনি তুম্পক তাশিন লৈরম্মি।
ইমা, ইমা কৌদুনা তনিক তনিক খাঙলম্মি।
ঐসু নঙগী খনবদা 'হীক্ল' হীক্লা কপ্পিদো
উপায় লৈতা ইতোমতা থম্মোয় খুদুম শুজৈদো।
ইমা ইচা মরক্তা কায়ন চৈখল খনখিবা
বিধিনা নঙবু পুখিবা নুমিত্তুদই লাকখিদ্রে

পারী নশক নুংওনবা ইমানা অমুক উখিদ্রে;
পারী থোইও নুংশিবা , নঙবু করম লৈরিবা!

ঙমখৈ ঙাকপা চৎখি হায় নমান্নবা ময়ামগা
অখাক-অরাও নংখি তায় চৎমিন্নবা কয়াগা
নঙদি অঙাং নাব্বানি নপাঙ্গলসু য়াওদ্রিবা
করম্নবু ঙাক্লিনি পোইরৈ ঙমখৈ অরুবা
করম্নবু থিংলিনি ঈচেলদুবু অকনবা!
চীংজেং নারল পাঙ্গনবা নাব্বামক্তুবু ওইবরা
খোংজি নুংলাইবা মপারী কৌব্রু চীংখোঙ পম্ভিংবা!
নমান্নবা হল্লক্লে নঙদি করি' য়াওরক্তে।
অহিংদুনা থেঙজিল্লক ঐদি লৈবা ঙমখিদে;

মীৎকী কক্লা তৃমদনা ঙাইখি অহিং নোংশোইবা
মিশুন তিং তিং চোংলকখি খনখি করম তৌরিবা
কোরৌ নুমিৎ অদুদই ঙসি ফাওবা খাঙলকখি
চাবা মচেৎ তৃম্বা মচেৎ ইমানা নঙবু ঙাইরকখি।
কপ্পুনতা খাঙবনা মীৎলু পিরাং লোইরক্লে;
ৰাদুনতা লৈবসু ৰাবই পংখে লোপ্লক্লে
অমম্বনা হৌদুনা চৎখিবা নুমিৎ অদুদই
পারী নশক নুংঙোনবা ইমানা 'মুক উখিদ্রে;
পারী থোইও নুংশিবা, নঙবু করম লৈরিবা!

নঙগী মৈনা ইমাদি অঙাওবীবু ওইরেদো
নঙগী খোঙ্গুল লীবদা হেদো নাহে চল্লেদো
কম্বী থক্তা ঙৌরিবা লেম্লেনবু হেল্লরোই
ঐগী অৰা-মৈচাক্তি ঐ নত্তনা খঙলরোই
লৈঙোই শেক্তা মরক্তা নঙবু থিরুই য়াওরমদে;
হৈরাং পানবা হৈকোন্দা য়েংলুবসু উরক্তে।
লৈরাং শাৎপা লৈকোন্দা নঙগী খোঙ্গুল তারমদে
থৰান পরেং মরক্তা মৈরা ওইনা ঙাল্লমদে।
কায়ননবা উনবা কায়নবদা তিনখরে
লৈবাক্লে পাঙ্গল লৈতরে মালেম মৈফম ওনখরে।

হাদ জুন তরানিপাল, নহাক লাকউ তত্তনা

ইচা নুংশি কৌদুনা তেংথারমগে লেপ্তুনা

ঐগী অরোই মতমদা থরায় অসি থারগা তাইবঙ ঈপাক রাংমদা

ইচা থোই' থিরুগে

মতম অদু ফাওবদি কপখিগে ঐ কপখিগে;

হা থোই নুংশিবা, নঙবু করম লৈরিবা।



*য়ুমলেম্বম ইবোমচা— ১৯৪৯ দা পোকখি। ফোঙথ্রবা লাইরিকশিংগী মনুংদা পনবা যাবা খরদি শল্লেম্বী থোরক্লো নহুম পোম্লেন শাবীগে (১৯৭৩); নুমিত্তি অসুম থেঙজিল্লকি (১৯৯০); রাজকুমারী অমসুং উচেক মচাশিং (১৯৯২) অসিনচিংবনি। রারীমচা অমসুং শৌরেং কথা নেসনেলগী থাক্তা পুথোকপা এনথোলোজিশিংদা ফোঙল্লে। নেসনেল পোইত্রি ফেস্তিবেল কয়াদা শরুক য়াল্লে। ভারতকী অহৈবশিংগী খোঙচৎ অমা ওইনা চিনাদা চৎলুরে। মণিপুর স্তেত কলা একাদেমী অমসুং নেসনেল সাহিত্য একাদেমী এৱার্দ ফংল্লে। হৌজিক কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই, ইম্ফালদা লৈ।*

 য়ুমলেম্বম ইবোমচা

## তুমিন্না লৈবী ইমা

নঙসু লৈবাক নীংবা মীনি,
ঐসু লৈবাক নীংবা মীনি,
ইরৈবাক নীংবা মী ঙাক্তনি ঐখোয় লোইনমক।
কনানা ইরৈবাকপু নীংই কপ্না কপ্না
খরা অমনা ইরৈবাকপু নীংই লাউ লাউদুনা
লৈবাক নীংবা ঙাক্তনি ঐখোয় লোইনমক
মী খরনা নীংই ব্রা য়াম্না য়াম্না ঙাঙলগা
খরনা নীংই তুমিন্না মথন মথন্তা
লৈবাক নীংবা ইরৈবাক নুংশিবা মী ঙাক্তনি ঐখোয়
সিফাইশিংসু মরৈবাক নীংবা মীনি
সিফাই নত্তবশিংসু মরৈবাক নীংবা মীনি
মরৈবাক নীংবা মী মখল মখলনি
হৌনা হৌনা লাউরগা নীংবা মী লৈ
নোংমৈ পায়রগা নীংবা মীসু লৈ
পৈশা নির নিরগা মরৈবাক নীংবসু য়াওই
মীবু কিহল-কিহল্লগা মরৈবাক নীংবনা কোঙ্গায় অমনি
চেদা খবরদা শৈরেংদা মরৈবাক নীংবা চাম্ম চাম্মনি
স্তেজদা লম্পাক্তা ময়াম মমাঙদা কন্না কন্না নীংবা কয়ানি
নঙসু লৈবাক নীংবা মীনি
ঐসু লৈবাক নীংবা মীনি

ইরৈবাক নীংবা মী ঙাক্তনি ঐখোয় লোইনমক
ঐখোয়গী লৈবাক ঐগী ইমা লৈবাক্লি
ইমা লৈবাকতি অপোকপী ইমাদগীসু হেল্লবী ইমানি
ঐখোয়গী উমং ঐখোয় ইমাগী মরলনি
য়াম্থৎলি য়োনথোকই অদুনা উজাও কয়া উ মচা মচা য়াওনা
ইমাগী মরলদি মচাগীনি খন্দুনা, মমাবু নীংজবা মচাশিংনা।
ইমাগী লম্বী শেম্নবা ইমাগী থোং শানবা ইমাগী স্কুল শেম্নবা পৈশা
হাপচিল্লি ঐগী ঐগী ফুরিৎখাওদা, পীশীল্লি ঐগী ঐগী নুপীদা
ইমাগী পৈশাদি ঐগীগুম্বনি খন্দুনা, ইমা নীংবা মচা ঐখোয়না।
ইমাগী লমহাঙদি ঐগী ইরমনি হায়দুনা লৌশিল্লি
লৈবাক কন্না কন্না নীংবশিংনা, পট্টা তাশিল্লি মাগী মাগী ওইনা।
করিবু কায়বগে, পূম্নমক ইমাগী ঙাক্তনি
ইমাগী মরলদি মচা ঐখোয়গীনি
মমাগী মরল মচানা লৌদনা
মীতোপ্তা লেম্না পীথোক্কদ্রা?
ইরৈবাক নীংবা মী ঙাক্তনি ঐখোয়
মিনুংশি চাউবী থৌজাল হৈবী ঐখোয়গী ইমানি
মখল মখলনি ইমাগী মচাসু।
ইমাগী লমদি ঐখোয়গী লমনি
শেৎলগে লৌরগে য়োল্লগে হায়বসু য়াওরকই
থৌজাল হৈবী নুংশি চাউবী ইমানি ঐখোয়গী
করিসু হায়দে মাদি তুমিন্না লৈ
মচানা লৌবদা মচানা হাৎপদা মচানা শাউবদা শেৎলগে য়োল্লগে হায়বদা
করিসু হায়দে ইমাদি তুমিন্না লৈ
থৌজাল হৈবী নুংশি চাউবী ঐখোয়গী ইমানি।

